# লিংজেন মান্নবা

রামনাথ দেব

দেবলা বুকস্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

# লিংজেন মান্নবা

ইজবা—

রামনাথ দেব

ওফে' রঘুমণি

দেবলা বুক স্টোর

পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

022,2
N5;3

ফোঙজবী :—

শ্রীমতী সনাহনবী দেবী

দেবলা বুক স্টোর, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

অহানবা খুৎলম :— ১৯৭৫ ইং।




কোপী মশীং :— ৫০০

মমল :— লুপা ১৮/-

মন্ফম

দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

---

স্বত্ব পূম্নমক প্রকাশিকাগীনি।

# রাহৈ খরদং

লাইব্রিক অসিদা য়াওরিবা পাত্র-পাত্রীশিং অয়াম্বনা শা-উচেক ওাক্কনি। অদুগা শা-উচেক্কী মাইখুম উপশিন্দুনা শান্নগদবা লীলানি। শা-উচেকা মীরোন্দা রা ওাংহুনা উংপা অভিণয়বু মরুওইনা অঙাংশিংনা য়াম্না পায়ে। অদুগা মখোয়না ড্রামা ওইনা পাবদা মতুং য়াওরিবা পাওতাকশিং লৌশিনবদা লায়না থোক্কনি খল্লে।

ড্রামা অসি শান্নবা নত্রগা পাবা মতমদা রাকম অসি নিংশিংবিগদবনি মতুংদি, পাত্র-পাত্রীশিং শা-উচেক ওইরবশু অঙাংশিংনা শা-উচেক্কী মনাই উপ্লগা শান্নবনি তায়বা।

লাইব্রিক আসিদগী নৌরিবা অঙাংশিংদা কান্নবা খরদং পীবা ওয়বনি তোংকজমন মহৈ য়াল্লে খঙ্গনি।

লাইরিক অসিবু চিলড্রেল বুক কম্পিটিশন ১৯৯৪-৯৫ গী ওইনা অনিশুবা মম পীবিরকপগীদমক ইডুকেশন ডাইরেক্টর মণিপুর সরকারগী মফমদা তৌবিমল খরেবা উচ্চরি।

অইবা—

# লিংজেল ঘান্নবা

## অহানবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা

মকম—জঙ্গলগী মচিং অমা। মতম—অমুক।

খোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরি। অমেম্বা উশা অমদা অমুজাও কৌবা কাক অমা মতোমদা ফমডুনা লৈরম্মী। মখাদা কুমথখক্লগা হঙ্গং-হন্দা চংতুনা রাখল তৌরি।

অমুজাও—ওসি ঐগী পুক্লিংসে অস্তুক হাক্লা তয়াং-ভশোয়বগুম তৌরিসিবু কব্রিগীমো? ভাব তারে, গুরাং মীয়াম চংডুনা জঙ্গল অমা কোকথোকহৌবদা শা-উচেকশিংনা পাখংনডুমা কোইচেন চেন্নবা অহু উবদা পুক্লিংদা

খোইরাং-খোইশাওনখি। ঙাইখোম্নে, মখোয় মীওইরনা উমং-রামং পূমকোক্তা কোকথোক্লিবসিবু কদ্দিগীনো ? লমদম অতুদা অচৌবা ফেক্টরি অমা লিংখৎকনি হায়নঙৌবা তারকই। মতুনা মখোয় মী খরগীদি মশাগী কান্নবা ফংবা য়াই। অতুবু, অতুম্না উমং তত্তনা কোকথোক্লবদি ঐখোয় শা-উচেক ফদায়দ্না লৈগনি! মখোয়গী ফেক্টরি, কারখানাদগী থোরকপা মৈখু য়ায়াম্না য়াম্না নমথি, চকচাংদা মখল মখলগী লায়না পী। অতুগা মখোয় মীওইবনস্থ শিজিন্নরিবা অফবা অশেংবা নুংশিং উ-রাদগী ফংলিবনি। স্বর হোনবদা ওক্সিজেন হায়বসি চংদবা য়াদ্রবনি, শেংনা হায়রবদা থরায় ওইরিবনি। অতুগা মখোয়না স্বম হোন্দোরকপদা য়াউরকপা কার্বোন ডাই-ওক্সাইডনা উ-রানা স্বর হোনবদা চিংশিল্লিবনি। উনা মখোয় মীওইবদা উরুম লাংংহল্লি, মহৈ-মরোং পীরি, অমাবগী হিদাক পীরি, উপু-কাংথোম্নচিংবা পীরি, ওক্সিজেন পীতুনা হিংহল্লি। অস্নুম্না মখোয়গী য়াইফনবদা তৌরিবা উ-রাবু মশাগী ডাইহাক্রী ওইজবা থিতুনা মীওইবনা পংয়ান্দা য়াম্থোক্লিবা অসিবু করিগীনো ? ঈচাও তোইনা থোক্লিবা, তোইনা কুম-কাংতুনা মহৈ-মরোং লোক্লিবা, অতুগা ফর-ফন্নবা লমদম কয়া মরুভূমি ও রক্লিবা অসি উ-রা কা-হেন্না য়াম্থংগী দোষ নত্রা? অতুগা—(শাদানবা মুপা

অম্না লাং পুহুনা লাপ্পা লাকপা উবদা পাখৎলা )
আদগীসি শাদানবা নত্রা ? মানি।

( অমুজাও কৌহুনা উশাদা কাখৎলগা মশা তাশিন্দুনা
তুমিন্না লৈ। শাদানবা চংলকই। )

শাদানবা—( কোইয়েং য়েংলগা ) খাংনাং অচৌবা অসিগী মখা
থংবদা লৈরিবা লমহাং অসিদা উচেক-লাং থাক্লুনা
ঙসিগী চরা তানবা ঙসরা য়েংগে। ঙরাং-নহালস্সু উচেক
মচা অম-অনিদগী হেন্না ফাবা ঙমখিদে। অহুনা ঙসি
উচেক খরা য়াম্না ফাব্রবদি চেং রাম্নবা শেল ফংলোই।
[ ঙাংনা ঙাংনা চংখি।

অমুজাও—( উদগী কুমথরক্লগা খয়া চংশিল্লগা শাদানবা চৎখিবা
মাইকৈদা য়েংহুনা লৈ ) আই, আই, শাদানবা অসিনা
চেং চাইথোকখ্রে। লাং মপুন থোক্লিবসিনা অমুক
কৈদৌগদৌরিবনো ? চেং চাইথোক্লুনা থম্লিবা মকম
অসিদা চংশিনখ্রে। লাং অসি মহুগী মথক্তা শন্দোক্লুনা
থমখ্রে। চেং অসি মীহৌহনা খুল্লুরবদি লাংদা থুবা
শোয়ত্রবনি। ঐখোয়গী অপঙবা কনাগুম্বা কাক্লা চেং
খুল্লুরবদি !
( তাঙ্গা অহুদা কাক ৩—৪ চংলকই। )

১বা কাক—তামু, চাক্লাবা চংখিরোইব্রা ?

অমুজাও—ঐ হকচাং কয়া নুংঙাইতে, অতুনা ঙসিদি চাক্তবা চংলরোই। (কাকশিংহু লাং থাক্লিবা অদোমদা চংখিগদবগী তৌবদা) অদোমদা চংলুহ্ন খুদোংথীবা নংগনি, শাদানবনা লাং থাক্কুনা থমম্লবনি। নখোয় অশোমদা হনগ্রে।

২শুবা—ঐ লাং থাকপা য়াম্না য়েংনিংই। তোল্লমু নখোয়দি য়েংনিংব্রা ?

৩শুবা—ঐমু য়েংনিংহ্ন।

অমুজাও—কনাস্থ মাইকৈ অসোমদা চংখিবা য়াদে। মসি ঐগী য়াথংনি।

৪শুবা—নয়াথং ইকোক নোল্লা য়াজরি লুচিংবা। নহারোল-শিংসিনা ক্ষান কৈলেস্তুনা ঙাংজরিবনি, রাম্বৈবিগনু।

[ মখোয় চংলকপা মাইকৈদা খোকখি।

অমুজাও—( লাং থাক্লিবা অতুদা চেপথ-চেপথ ঙাইহাক য়েংহুনা লৈরগা ) এঃ ক ায়দগীনো খুনু শন্তু অমা পাইরক্লগা লাং থাক্লিবা অসিগী মগাদা লোংথক্তা কোইপাই পাইহুনা লৈররে। খুনু খরা পাইথগ্রে। এঃ, লোইনবা পাইথগ্রে। মখোয় চেং মচংশিংসি খুন্দুনা য়াম্না হাওনা চারি। অপঙবশিংসি লাংদা লোয়না থুব্রেদো।

( মতম অসিদা খুনু ময়াম খোংহুনা মশা কয়-কয় খপহুনা চরাংনম্নকপা তাম্নকই। )

খুনু লুচিংবা—( মপুংদগী ) নখোয় নথম্বায় হিংনিংলবদি তুম্মিন্না লেপতুনা লৈয়ু। লাংগনু, ঐগী না তাখো। ( চরাংনম্নবা ফম্রে ) য়েংউ, আদা শাদানবা লাক্লে।

( পাখংনহুনা অমুক চরাংনম্নকই। )

১ বা খুনু—ঐখোয়বু শাদানবগী মখুৎতা শিব তারব্রা ? নুংশিদকো ঐগী পিক্লিবা ইচা অনিদো। মখোয়গী মশক পুন্সিগী উদবা তারব্রা ?

( খুনুশিং কপ্ন-লাওনরকপা তারকই। )

খুনু লুচিংবা—ভাইখোনে, ভাইহাক্তা তুম্মিন্না লৈখো। ঐগী না তাখো। ( চরাংনম্নবা তপ্না তপ্না ঙাংখি ) ঐখোয় ময়াম্না লিংজেন মাম্নরবা, পুকচেল তীন্নরবা, অদু ওইরবদি শাদানবনা ঐখোয়গী মাংননবা করিমত তৌরবা ভন্নাই। ঐখোয়গী অমতা ওইবা লৈপুম্না শাদানববু মাইথীবা পীগদবনি।

২ শুবা খুনু—লুচিংবা, হৌজিক কমদৌরগা ঐখোয় শাদানবগী মখুৎতগী নাম্থোকপা য়াগদগে হায়বা তাকপিয়ু।

খুম্ব লুচিংবা—ঐখোয় হৌজিক লিংজেল মাম্নবা অমুক্তদা লাংগা কোম্নবা পাইহ্নবা চৎঞ্ৰসি।

( অমুজাও উশাদা কাখৎতুনা লৈখি। খুম্ব ময়াম মকোক্তা লাং কুপতুনা চংলক্লগা অতোপ্পা নাকলদা থোকখি। শাদানবনা তুংদা তাম্নরকই।

শাদানবা—ঙসিদি ঐ মামৎ শিংপদা নত্তুনা খুম্নুশিং অসিনা ঐগী মমল য়াম্লবা লাংসু পুহ্নবা চৎপিরে। ঐদি মাংজরেদনা! হো খুনুশিং মীনুংশি খঙদবশা, নখোয় পাইগে হায়রবস্থ পাইজখো। অতুবু ঐগী লাংহ্নদদি থাদরম্মু। লাংহ্ন পুখিবা য়াম্নোই।

[ঙাং ঙাংতুনা থোকখি।

( অমুজাও উশাদগী কুমথরক্লগা মখোয় চৎখিবা মাইকৈ অদোমদা য়েংতুনা লৈহৌই।)

অমুজাও—খুম্নুশিং অসি কয়াদা লিংজেল মাম্নপ্রবা! মখোয়গী লিংজেল মাম্নবা অসি কল্লক্তবা ঙমদে। মখোয়গী মতুং ইন্নহুনা মখোয়না করি তৌবগে হায়বা য়েংলুগে।

[খুনুশিং থোকখিবা মাইকৈদা থোকখি।

মৈ মুৎপা

## ২শুবা উৎপা

মফম—লমহাং। মতম—মমিং মুংবা।

লৈপুং অমা লৈ, মহুদা লৈখুল অমা য়াম্না লাওনা লৈ। মহুগী মমাংদা লাংদা খুরবা খুনু তরেৎ-নিপাল লৈ। মখোয়গী লুচিংবনা মাং থানা লৈখুলহুগী ময়াদা লৈ। মহুদগী লাপ্তক্লা অমুজাওনা মখোয়দা য়াম্না পুক্লিং চংনা য়েংহুনা লৈ।

খুনু লুচিংবা—হো মরুপ উচিবা! নহাকপু মুমদা লৈতব্রা?

উচিবা—( লৈখুলদগী ) ঐবু কৌরিবা নহাকপু কনানো?

খুনু লুচিংবা—ঐনিনে মরুপ, খুনু লুচিংবনি।

( লৈখুল অহুদগী উচিবা কৌবা উচি অহু থোরকই। )

উচিবা—মতম কুইনা উনদ্রবা তুংদা ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা মরুপ নহাক্না লাকথোক্তনা ঐগী মুমদা লাক্লিবদি করি থবক্লীনো? ( অতৈ খুনুশিং উবদা ) ওঃ, ময়ামমু লাকপিরিদনা।

খুন্নু লুচিংবা—ঐখোয় পুন্না লাক্কবা য়াদবা মতাং অমা ওইদুনা মহাক্কী নাক্তা লাক্লিবনি।

উচিবা—অম্বুমা ইথা থাজদনা ময়াম হৌদুনা ঐগী নাক্তা লাকপিরিববু করি থবক্কী ওইরবনো ?

খুন্নু লুচিংবা—ঐখোয় শাথীনা খুদোংথীবা অমা নংলে।

উচিবা—(পাখংনা) কৈদৌরবগে ?

খুন্নু লুচিংবা—ঐখোয় শাদানবগী লাংদা থুদুনা মরুপ নহাকপু লাং অসি চিকথংহনগে হায়দুনা লাকপনি। নহাক্কা মুংশিবিদুনা ঐখোয়গী থব্রায় অদুক্তা কনবিয়ু।

উচিবা—ঐগী নাক্তা য়ৌরক্লবনিনা রাখিকুনিংঙাই করিস্তু লেন্দ্রে। অদুবু কমদৌদুনা শাদানবগী লাংদা মুরুব্রিবনো মরুপ ?

খুন্নু লুচিংবা—মদু হায়দোক্কদবদুম ঙৈকাই! মীহৌবা পাপ্লি, পাপ্না পুন্সি মাংননবা মশক ওই হায়বদু ঐখোয় নিংশিংলুদ্রে। অদুনা খুদোংথীবা অসি থোকখিবনি। ঐখোয় চিঞ্জাব থিবা কোইনা পাইরম্মী। মতম অদুদা লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী অমগী ময়াদা চাবদা য়াম্না হাওরগদবা চেং মচং ঙাক্তা ইচায় চায়না তাদুনা লৈরম্বা ঐখোয়না থেংনরম্মী। মদু উবদা ঐখোয় মীতারম্মী! মকম চাদনা চেং চায়থোক্কুনা লৈরম্বদু উবদা ঐখোয় চিংনকম থোকপনি। অদুগা লাং থাক্লিব অদু উকম থোকপনি। অদুবু অপাম্ব-মীহৌবন

থুমহৎখিদুনা ঐখোয়না মকম অদুদা পাইথদুনা চেং মরুশিংদু থুম্লনবা হোৎনকই। ঐখোয় লৈমায়দা পাইথরগা চেং মরু অমমম-অনিনি থুল্লুবমক্তদা ঐখোয় লাংদা থুরে হায়রবা থঙজবা ঙম্লকথি।

উচিবা—মদুদগী কমদৌবা ?

খুনু লুচিংবা—মতম অদুদা ঐখোয়না পাখৎপগা লোয়ননা ইশা কর কর হাইরদুনা লাংদগী মাথোক্লনবা হোৎনরম্মী। অদুবু ঐখোয় ইশা চোকথবা নত্তনা লাংদগী নাম্থোক্লবা উপায়দি লৈরমদে। অদুম্না তৌবনদি কাম্লরোই হায়বা উদুনা ঐনা ময়ামদা তুশ্মিন্না লেপতুনা লৈনবা হায়রম্মী। মখোয় পুম্নমক স্বব থাবেৎ থবেৎ হোন্দুনা তুশ্মিন তুশ্মিন লৈবম্মী। মতম অদুদা ঐনা হায়বা মতুং ইন্না খুদু ঐখোয় ময়াম চপ মান্নবা অমুক্তদা তৌদুনা লাংগা কোয়নবা পাইরকপনি।

উচিবা—নখোয়গী লিংজেল মাল্লবা, পুকচেল তীম্লবা, অমত্তা ওইবগী লীলুন অদুমক্তা নখোয় শাদানবা অদুগী মখুত্তগী নাম্থোকপা ঙম্লক্লিবনি।

খুনু লুচিংবা—অচুম্বনি। অদুম ওইবমক্ত ঐখোয়গী ইরাল শাথীনা লৈ মরুপ।

উচিবা—মতৌ করম্বা ?

খুম্নু লুচিংবা—মফম চাদনা চেং মচং ময়াম অহু উবদা মীহৌ-লাংদা থুহুনা পাইথকুদ্রিঙৈগী মমাংদা হান্নবা থলহৌবা, চেকশিলহৌবা চুশ্বনি। মহু ওইরবদি ঐখোয়গী খুদোং-থীবসি থোক্লরোইদবনি।

উচিবা—মহুদা নখোয়গী নরাল অমত্তা লৈতে, পুন্নমক অহু নিয়তী মাগী থৌরাংনি, মাগী থৌরাংদনা অকবা কত্তবা অরাবা লুংঙাইবা পুন্নমক অসি থোক্লিবনি।

খুম্নু লুচিংবা—মহুস্নু চুম্মী, অহুম ওইনমক ঐখোয়স্নু থরা চেকশিনমন্দে।

উচিবা—( মঙক হাইহুনা ) মংতে, চেকশিন্নবা নংতে, নিয়তীগী থৌরাংনা নখোয়গী লৌশিং মাংখিবনি। ঈশ্বরমকী অবতার ওইরিবা রামচন্দ্রনা মাগী শক্তি লৈবা হৌনদে হায়বা থনবা ফাওবা ঙমখিদে। অহুগা রাবণ অমদি যুধিষ্ঠিরনা ওইখিবা ফিভম অহু নিংশিংউ। নিয়তী মাগী থৌরাংদনা লৌশিং 'পুম্বা মাংখিহুনা সীতা দেবীবু ছরুবদগী রাবণ শাগৈ তুম্না মাংখি। অহুগা যুধিষ্ঠিরনা পাশা-খেলা শান্নরুবদগী পুন্নমক মাংখিহুনা অরাবা কয়া নংখি। অহুনা হৌব্রবগীদমক্তা লুংনাংলুহুনা কান্নদে। ( ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা ) লাং চিকথৎতুনা নখোয় পুন্নমকপু অমমম ওইনা থাদোক্লগে।

( মহাক্না খুম্নু লুচিংববু হান্না থাদোক্লবা তৌরকই। )

খুন্নু লুচিংবা—( খামতুনা ) ঙাইখো মরুপ, ঐবু হান্না খাদোকন্নু।

উচিবা—করিগীনো ?

খুন্নু লুচিংবা—ঐদি মখোয় ময়াম অসিবু ঙাক-শেল্লিবা লুচিংবনি, ঐবু থাদোক্ত্রিবঙৈগী মমাংদা মখোয়বু হান্না থাদোকপিয়ু।

উচিবা—ঐস্তু মতু খঙই মরুপ। ঐনা নহাকপু চাং য়েংবনি। নঙোন্দ: লুচিংবা অমা ওইবগী গুণ চপ চানা লৈ।

( খুন্নু পূম্নমক থাদোকপিরগা ইকোন কোনবদা খুন্নু লুচিংববু থাদোকই। খুন্নু ময়াম্না লাংদগী নাম্ভোকপদা হরাওবগা লোয়ননা মশা-মরেং খিংলকই। )

খুন্নু লুচিংবা—মরুপ, নহাক্কী নপাল্দগী ঐখোয়গী থরায় হিংলিবনি। শুহুনা মরুপকী মফম্দা শিংঙম্নরোইদবা লমন ভোনশিল্লবনি।

উচিবা—নংতে মরুপ, মতুম্না হায়বা হৌনদে। অন্নাবা তারবা মতমদা মরুপকী মতেং পাংল্লবদি মহাক অহু মরুপ নংতে, য়েকুবদগীসু হেন্না তোল্লরনি। ঐনা তৌরিব্রসি মরুপ অমা ওইবগী তৌফম থোকপা অহুদনি। অহুনা থৌদাং পাংথোকপদা লমন ওইগদবা নত্তে।

খুন্নু লুচিংবা—নুংঙাইরে মরুপ নহাক্কী রা তাবদা পেল্লে। অহুবু হৌজিক মতম থেংজিল্লক্লে। ঐখোয়গী ইছম

মকম অসিদগী মাম্না লাম্নি, অহুনা ঐখোয় হৌজিক

মৌগ্রগে মরুপ।

উচিবা—করে, মরুপখোয় ময়াম মৌবিরে। নুংঙাই-মাইকবিয়ু।

(খুন্নু ময়াম খোকখি। মখোয় চংখিবা মাইকৈদা

ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্নগা উচিবা মখুলদা চংখি।)

অমুজাও—(খরা চংখোরক্লগা শোল্লকই) কয়াদা পুকচেল

চাওগ্রবা, কয়াদা সাধু ওইগ্রবনো উচিবা হায়বা উচি

অসি! মাগী লমচৎ-ব্যবহার, রাঙাং-শাঙাং তমজনিং-

ঙাই ওই। মহাক অসিগুম্বা মীশক্তা মরুপ ওইবা

ফংজরবদি:কো! ঐ মাগা মরুপ শান্নদবা য়াদে।

(মখুল অহুগী ময়াদা চংশিল্লি।)

অমুজ ও - মরুপ উচিবা, মপালদা অমুক্তা থোকপিরকউ।

উচিবা- (মনুংদগী) কন' ওইরিগদগে! মরুপ খুন্নু লুচিংবদু

অমুক হল্লরমাক্লে। (খোঞ্জেল হৌনা) মরুপ, নখোয়

অমুক হল্লক্লবদি করি ভৌরবগে?

(মনুংদগী খোরকপমক্তদা অমুজাও কাক উবদা কীহুনা

মশা নিক্লা চেনশিনখি।)

অমুজাও—চেনশিল্লিবা করিগীনো মরুপ? ঐদি মহাক্কী মরুপ

অমুজাও কাক্লি, য়েক্লবা নত্তে।

উচিবা—( মমুংদগী অমুজাও ক্বাক ! নহাক্পু ঐগী মরুপ ! অঙকপনি উচিগী মরুপ ক্বাক ! খঙজরে নহাক্কী লৌনম-ন্নাহৈ অদু !

অমুজাও—নংতে মরুপ, ঐনা হায়রিব্রসিনি, লৌনম-ন্নাহৈ নংতে। ঐনা নহাক্কী নাক্তা লাকপগী ন্নাকম অদু তমগে তাও। নহাক্কী মরুপ খুন্নু লুচিংবখোয়না চাক্তাব্রবা লমহাং অদুগী ময়াদা হোৌবা লাইওইরবা খোংমাং অদুদা ঐহাক ইছম শাদুনা লৈরম্বনি। মফম অদুদা ঐখোয় ক্বাক ময়াম অমা মতম শাংনা ইছম শাদুনা লৈরক্লিবনি। ঐনা মফমদুগী ক্বাকশিংদুগী লুচিংবনি। ঐগী নুপীগা অমত্তা পোকচবা ইচান্নুপাগা শাদানবগী শাইরোংনা পান্দুনা মনুং-মতম চাদনা শিখি। ওসি অমুক অঙনবদা ঐনা উরম্মী, শাদানবা অমনা কদায়দগীনো লাক্লগা উ অদুদগী পংলাপ লাপ্তুনা চেং খরা চায়থোক্লগা উচেক-লাং থাক্লে। মক্তম অদুদা ঐনা ঐগী অজা ক্বাকশিংদা লাং থাক্লিবা মকম অদুদা চিঙ্গাক খুনবা চৎলুদনবা থিংলম্মী। ঐগী ন্না লোৌছুনা মখোয় কনাস্তু মাইকৈ অদোমদা মমাই ওনখিদে। মখোয় অতোপ্পা মফমদা চাক্তাবা চৎনখি। ঐদি চাক্তাবা চৎতনা মফম অদুদা অদুম লৈদুনা লাং থাক্লিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা খুন্নু শঙ্কু অমা পাইব্রকই। চিঙ্গাক খুনবা পাইথবদা মখোয় লাংদুদা থুরম্মী। ঙাইহাক

লৈরগা মখোয়না লাংড় পুহুনা পাইখি। মত্তম অদুদা শাদানবনা উরক্কুনা মখোয়বু তাল্লরম্মী। তাল্লবা কংত্রহনা মহাক্কা খুম্মশিংবু চৈবমখৈ চৈরগা উপায় লৈজহুনা লৈহৌই। ঐস্থ খুনু শঙ্কু অহুগী মতুং ইন্দুনা মক্কম অসি য়ৌরকপনি। মখোয়গা মরুপ নহাক্কা ওাংন-শক্কুবা পূম্মমক অড় ঐ তাই। নহাক্কী লমচং-শাজং অমদি রাঙাং-শাঙাংড় তাবদা ঐ য়াম্না পেল্লবনি, অদুনা মখোয় চংখিবগা ঐ নহাক্কা মরুপ শাম্নবা লাক্লিবনি। করিমত্তা চিংনবা লৈতনা মপান্দা থোরকউ।

উচিবা—( মনুংদগী ) লাপ্না নহাকপু ঈকাই-খুম্নবা উচ্চরি। মক্কম অসি থাদোক্কুনা চংপিত্রো, ঐবু নহাক্কা ফাহুনা চাননবা নতাং তৌরবগী কান্নবা ফংলোই।

অম্নজাও—নত্তে মক্কপ, ঐনা তাং তৌহুনা নহাকপু মপালদা কৌখোকপা নত্তে। ঐনা হায়রিবসি অশেংবনি।

উচিবা—( মনুংদগী ) তাংজি, নহাক্তি লৌনম চাওবা কাক হিংচাবনি।

অম্নজাও—নংতে, নহাক্কী রাখল অদু তাম্নোম্নরে। ঐ হিংচাবা নংত, নহাক্কী থাজবা য়াবা মরুপ অমনি।

উচিবা—( মনুংদগী ) নহাক্কী রা অসি তাবদা নহাক্কী হৈ-শিংবা লৌশিংগীদমক থাগংতবা ওমদে। চিঙাক্কা চান্নিবা মহাক অহুগা করিগুম্বদা মরুপ শাম্নে হায়বা কদায়দম্ন

তাখিত্রি। মরম অহুনা মহাক চংখিবা য়ারে, ঐ খোল্লক্কি হায়বগী আশা তৌবিরুগনু।

অমুজাও—ফরে, অহুদি মরুপ, ঙসিদি হনগ্রগে। অহুবু হয়েং ঐনা অমুক লাকপদা নহাক্কী পুকচেল হোংলম্বা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা উহনবা ওইনবু।

( মমাই লৈথোক্কুনা চৎকদবগী তৌবা। )

মৈ মুৎপা

ওণ্ডবা উৎপা

মক্ষম—হান্নগী মক্ষমহুমক। মতম—অমুক।

( লৈপুংগী লৈখুল মচিল )

উচিনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা রাখল তৌহুনা লৈরম্মী।

উচিবা—অমুজাও কাক্লা নুমিং কয়ানি অসি ঐঙোন্দা মক্লপ শান্নসি হায়তুনা ফত্তুনা হৌররি। অহুবু কাক হায়বর্সিদি মহৌশানা ফত্ত-লৌশিং চাওই। কনানা খঙগনি, লৌশিং তৌহুনা ঐবু থেমহুনা মপালদা কোথোক্লগা হাৎপা য়ানবনা তাং তৌবা ওইরম্মস্থু য়াই। অহুম ওইনমক মাগী য়াঙাং-শাঙাং তাবদদি মগাক মহুগুম্বা ফত্তবা পুকচেল চেল্লমগনি নিংদে। ফরে, অত্তুদি মানা হায়রিবসি তাংলা অচুম্বরা হায়বা মহাক হন্দক অমুক লাকপদা খঙদোক্লবা হোংনরগে।

( উচিবা রাখলদা লুপতুনা লৈ। অমুজাওবা চংলকপদা মাগী মওং-মতৌহু উবদা চাইহাক লেপতুনা তুম্মিন্না য়েংহুনা লৈ। )

অমুজাও—মরুপ উচিবা !

উচিবা—( খংপ্রেক খংই, লৈথুনময়াদা ফিংনা চেনশিল্লগা পাখৎনা ) চংশিল্লক্কনু, মকম অহুদা অহুম লৈয়ু।

( অমুজাও খুদক্তা চপ লেপ্লি। )

অমুজাও—ঙসি মরুপ নহাক্কী মশক উখা ফংবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে। নহালমখৈদি নহাক লোৎতুনদা লৈ, ঐগী মাংদা থোরকউ হায়রবা খক য়াদে।

উচিবা—চুম্মী, ঐ নহাক্কী মাংদা থোকপা য়াদে। নহাক ঐগী ইকমদদি তমথীবা ফিংচাবনি।

অমুজাও—জাতিগী ওইবা নুংশিনদবা রাথল্লোন্দু থাদোকউ মরুপ। ঐগা মরুপ শান্নসি, নুংশিনসি চংশিন্নকউ কোন্নসি।

উচিবা—নৎতে, মতু য়াদে। অহুম ওইননক ঐখোয় অনি উনদুনা রারী শাবদি য়াই। অহুবু নকশিন্নবদি ঐ ঙম্মোই, থাপ্লা অহুম লৈয়ু। নহাক্কা ঐগী মাংননবা তৌরক্লবদি ঐ ইকোন্দা হেক্তা চেনশিনখিগনি।

অমুজাও—ঐনা নহাক্কী মাংননবা তৌগদবা কঙ্গিম্মু লৈতে। অহুম ওইনমক নহাক্কা ঐবু হঙ্গোইরি। নহাক্কা চিংমরিবগী মরমম্মু ঐ খঙই, কাক্কা উচিগা মহোশাদগী য়েংথিনরকই হায়দুননি। মতুনি হায়দুনম্মু মরুপ শান্নবা কাওবা য়ারোইদ্রা ?

উচিবা—ঙপয়া য়ারোই, য়েরুবদা মরুপ শাস্ত্রবক্সি কস্তিজমুম্ অফবা ফল ফংলোই। মসিগী মনুমদা রায়ী মুম্ লিগে তাবিমু। —খুঙং অমদা মতিক-মঙ্গল লৈবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। নহাকী লাইরিক হৈতবা গোপাল কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক ব্রাহ্মণ শাগেন্দা পোক্লবম্ লৌউ-শিংউদুনা মপূক্নি লেরম্মী। নোংমা অয়ূক্তা মহাক্না যণপোৎ খোইবা চৎপদা অচৌবা খাম্নৌ অমগা থেংনরম্মী।

অমুজাও—লিনহুনা চিক্লুনা বামাণ-মচাহু হাংখিব্রা?

উচিবা—হাংখিদে।

অমুজাও—মহুদগী কমদৌখিবগে লিরো।

উচিবা—লিনহু উবদা অহানবদুদি মহাক্না য়াম্না কীরম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্না খল্লম্মী, লিন অসি লৌবুক অসিবু কোনবা লাইরেম্বা ওইরমস্মু য়াই, মাবু হুয়াওহনবা ঙম্নবদি মহৈ-মরোং নিংখিনা লোকপা য়াই। অপুম্না খল্লুনা মহাক্না পাত্র অমদা শঙ্গোম থরা হাপ্লগা লফোইদু অমগা মমুমদগী লৌক্লরগা খারৌ অহুদা পীজরম্মী। শঙ্গোম উবদা খাম্নৌহ মখুলদগী থোরকই। অদুগা মানা শঙ্গোম অহু থকই।

অমুজাও—শঙ্গোম সোইনমক থকখিব্রা?

উচিবা—থকখি। চাব-থকপা লোইরগা লিন অহুনা পাত্র অহুদা সনা মোহর অমা হাপ্লম্নগা মথুলদা চংখি। সনা কংবদা গোপাল য়াম্না হুন্নাওরম্মী। মহাক্না লিন অহুদা মুংতিগী শঙ্গোম্নগা লফোইগা পীজে, অহুগা সনা মোহর অমমম কংই।

অমুজাও—মুংতিগী সনা মোহর অমমম পীম্নবনিনা গোপালনা লিন অহুবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌরিম্বিনে ?

উচিবা—মতম খরদি লুনা-চান্না তৌরম্মী। নোংমা গোপালনা খল্লকই, লিন্ অসিগী মখুলদা সনা মোহর য়াম্না লৈরম্নগনি। করিগুম্বা মাবু হাংলবদি অমুক্তদা সনা ময়াম অমা ফংহুনা ঐহাক অচৌবা মী অমা ওইবা ঙম্নগনি। মসি খন্দুনা অপাম্‌-মীহৌ লাংদা থুরবা লাইরিক হৈত্তবা অপণ্ডবা গোপালনা নোংমা শঙ্গোম থকপা থোরকপদা খারৌ অহুদা চৈনা কনথরম্মী। খঙ্কহৌদনা চৈনাখোল ফংবা অহুদা শাওরক্তুনা খারৌম্না চিক্তুনা গোপালবু হাংখি। মচা শিবগী পাউ তাবদা ব্রাহ্মণ অহল অহু ঙাইহাক তুম্মিম্না লৈরম্মী। মহুগী মতুংদা মহাক্না মচা হাৎপা খারৌহদা পীজক্লনবা শঙ্গোমগা লফোইগা পুরম্মী।

অমুজাও—অহল অহুনা শঙ্গোমগা লফোইগা পুরিবহুদি মহুনা লাং থাক্রগা লিনহু হাৎতুনা লমন খুম্নবরা ?

উচিবা- নত্তে, হাংননবা নত্তে।

অমুজাও—অদুগী মখাদি ?

উচিবা—অদুগী মতুংদা মহাক্না খারৌদুগী মখুলময়াদা অচাপোৎশিং থম্লম্মী। অদুগা মহাক্না হায়রম্মী, 'গোপালদি মানা তৌজবা পাপকী মহৈ ফংজবনি। নহাক্কী দোষ লৈতে। ঐদি নহাক্না মরুপ শান্নবা লাকপনি। অদুনা নহাক চিংনবা লৈতনা মপালদা থোরক্লগা শঙ্গোম অসি থক্লো লাও।' হায়রিবদু তাদুনা খারৌ অদু মখুলদগী থোরকই। অদুগী মতুংদা শঙ্গোমগা লফোইগা চারগা মহাক্না ব্রাহ্মণ অহল অদুদা সনা মোহর অনা পীরম্মী। অদুগা মানা হায়রম্মী, 'আজ্ঞা-ইবুংঙো, মসি পুদুনা যুমদা হল্লবিয়ো, মফম অসিদা অমুক হন্না লাকপিরগনু। মরমদি ঐহাক নহাক্কী নচানুপা হাৎপা য়েক্লবনি। মরম অদুনা নহাকপু থাজরুবা য়াবা নৎতে। করিগুম্বা নুমিৎতা ঐঙোন্দা নচা হাৎপগী লমন খুম্লবা হোৎনব্রক্তরা হায়বগী চিংনদবা ঙমদে। নুংশিনবদা অমুক্তুং কায়নগ্রবদি চাম্মরক হোৎনগনস্তু তাইশিন্নবা য়াদে।' অসিগী মথক্তা ফংতব-শিংনা মরুপ শাশিন্নহনা মীগী মাংননবা তৌই।

অমুজাও—অদুবু মরুপ, ঐনা হায়রিবসিদি থম্মোয়দা লৌখুপ-লৈকোয় লৈতনা পুকচেল তিংনা হায়জবনি।

উচিবা—অদুগা পুরাণদস্থু অম্মু হায়রি, দেবরাজনা রাশকম্বি-ত্বুনস্থু বৃত্রাস্থুরবু হাৎখি। অদুগা লিনগা খৈরোইগা, ঈশিংগা মৈগা, ছুইগা হৌদোংগা, ঈনাকখুনবগা লাইরবগা, অপঙবগা পণ্ডিতকা, অফগা ফত্তবগা শাগেগী য়েক্লবনি।

অমুজাও—মদু ওইরমগনি, অদুবু অপঙবশিংদনা অমগা অমগা য়েংখিনবনি। জ্ঞান লৈবা পণ্ডিতশিংদি অদুম্মা য়েংথিনদে। ঐখোয় জাত, ধর্ম্ম অমদি লোন খেন্নবগী অথুবা মিংয়েং থাদোক্লুনা মুংশিনমা চান্ন চিন্নমা হিংমিন্নগদবনি। অদুগা নহাক্কুম্বা জ্ঞান লৈবা থম্মোয় শেংবা মীশক্কবু কনাগা য়েংথিনগদগে?

উচিবা—য়েংউ মরুপ অমুজাও, নহাক্না হায়রিবদু অচুম্বা ওইরম্বা য়াই। অদুবু রা অমা লৈ। পোকপদগী য়েংথি-নরক্লবা মীশক্কা মরুপ ওইবদি খুদোংথীনিংঙাইনি। অদুগা কনাগুম্বা জ্ঞানিনা মাবু অথোইবা পণ্ডিতনি হায়ত্বুনা কনানস্থু মাগী মাংননবা তৌরোই থল্লবদি মদু মাগী শাথীবা মম্বাল ওইগনি। মরমদি, হায়নবা লৈ মদুদি, অফাওবা ব্যাকরণ লেংলম্বা পাণিণি নোংশাগী মথয়াংতা মথরায় মাংখি। মীমাংসা দর্শন লেংলম্বা জৈমিনি শামুগী মখোঙনা নেংতুনা শিখি। অদুগা ছন্দোশাস্ত্র লেংলম্বা পিঙ্গলকপু ঙ্গুস্তীয়না ফাদুনা পুখি।

অমুজাও—মরুপ, নহাক্তি অখোইবা পণ্ডিতনি, নহাক্না য়েৎনবা ঐগী ইতিক নংস্তে। ঐগী অচম্বা রাদি অসিনি, নহাক্না করিগুম্বা ঐবু মরুপ ওইনা লৌবিত্রখদি ঐ মকম অসিদগী লেংলরোই। চাদ-থক্তুনা ঐ মফম অসিদা ফমদুনা থব্বায় থারগনি।

উচিবা—নস্তে মরুপ অমুজাও, মদুম্মা তৌরুগন্নু। ঐ নহাক্না হায়বা য়ারে। মুমিং খুদিংগী ঐখোয় অনি উনদুনা রারী শাসি, অদুবু ঐগী ইনাক য়াম্না নকাশিন্নদি চংলকনু। করি খনবগে মরুপ ?

অমুজাও—মদুম্মু কৈ মরুপ, নহাক্না হায়রিবদু ঐ য়ারে।

উচিবা—( মোমোন নোক্না ) নংস্তে মরুপ, ঐনা নহাক্কী নতৌ য়েংবনি। লাও মরুপ, মসিদগী হোনা জাত, ধর্ম্ম, লোন খেন্নবগী য়েংখিনবা পূম্বা থাদোক্তুনা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নববগীদমক লেঙ্গোন্নরসি।

( মখোয় অনি চংশিন্নদুনা য়াম্না মুংশিননা লেঙ্গোন্নে। )

মৈ মুৎপা

## ঃগুবা উংপা

মঙ্গম—জন্দলগী শা লম্বী। মতম—মুমিং মুংবা মতুং।

উ-রা পুম্নমক মনা পাম্দে, মরু ঈকোক কোকই।
থেব লাবা অনা, থেব অমোম অম, অমস্তুং থেব মচা
অমা থোরকই।

থেবা মচা—ইমা, ম্নোগদবা কয়া য়াম্না রাংলিবগে ?
পুকসে লাম্বনা থবং তৎলে, খোঙ থাংবা থোক্রে।

থেব অমোম—(মপী তৈথোক্লগা) ইমাস্থু খঙদে, নপাবুংদা হংউদনা।

থেব লাবা—(হন্না য়েংলগা) নখোয় অদুক ওপথহৌরবদি কৈদৌরে ? মুমিং তাখিবনা হাল্লগনি।

থেব মচা—পাবুং, ম্নোগদবা কয়া য়াম্না রাংলিবগে ?

থেব লাবা—থোইনা রাংত্রে। নখোঙ থরা কন্না থাংউ।

থেব মচা—(ক্মথরগা) খোঙ থাংবা ওমত্রে পাবুং, ঐ লাম্বনা শিগদৌরে। করিনো খিত্তা চাগে।

খেব লাবা—চাক তাংলবা লম অসিদা ইপানা নঙোন্দা করি পীজগনি। সে ইপা পম্বিগে লাও, (পমখৎলি) য়াৱবম্নু য়ানা মফম অদু য়ৌনবা চৎলসি। মদু নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে। মফমদু য়ৌরগা নপুক থল্লবা পীজগনি ইচাসিদি।

[ মখোয় থোকখি।

( য়োং মতৈ-মনাও চৎলকই। য়োং অমোম্না অপিকপা মচা অমা পম্মী। অঙাং অদু হৌনা হৌনা কপ্পি, মমানা খেমদুনা চৎলকই।)

য়োং লাবা—অঙাং অদু কপ্পুনবা খেম্মু।

য়োং অমোম—মপুক লামদুনা কপ্লিবনি।

য়োং লাবা—অদুদি পীথকপা য়াদ্রা?

য়োং অমোম—ঙসি মঙা-তরুক্কি চারক-থরুক্কুরনিনা করিমতা খোক্লে, অদুনা খেম্বা য়াদ্রিবনি। হৌজিক অঙাং অসিদা ঈশিং ফাওবা পীথরুবা উপায় লৈতে।

য়োং লাবা—হে ঈশ্বর! মসিবু অঙগী করম্না খৌরাংবো? চাক্তাংদুনা শা-উচেক পুম্নমক হাহাকার লাওনরে। লম অসি থাদোক্কুনা মাগী মাগী মখরায় হিংননবা মাইকৈ-সনাই খঙদনা চেন্নরি। অদুগা ঐখোয়সু ইরমদম

থাদোক্লুনা চংলি। অদুবু কনায়দা চিক্লাক ফংগদগে হায়বা অরেপ্পা থঙদে।

[ মখোয় থোকখি।

( উচিবা অমসুং অমুজাও চংলকই। )

অমুজাও—মরুপ, লৈবাক অসি মতম শাংনা কুম কাংহুনা নোং তাদবনা মরম ওইহুনা চাক তাংলে। অহুনা শা-উচেক পুম্নমক জঙ্গল অসি থাদোক্লুনা মাগী মাগী জীব চিংনবা ওন্না চেন্নখ্রে। অদুক শাথীনা চাক্তাংবা ঐ অমুক্তা থেংনরক্তি।

উচিবা—অচুম্বনি মরুপ, অসুম্না চাক্তাংবসি লম অসিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। অদুদু কৌজিক অসুম্না চাক্তাংবা থোক্লরিবসি করিগীনো হায়বা খনবদা লাম্বা ফংদে। খঙদ্রে ঈশ্বরগী করম্বা খুজিন-থৌরাংনো!

অমুজাও—মসি ঈশ্বরগী ওইবা লৈশেমগী খুজিন-থৌরাংনা নত্তে।

উচিবা—অদুদি কনাগী খুজিন-থৌরাংননো?

অমুজাও—মীওইবগী।

উচিবা—কমদৌনা?

অমুজাও—মশা মশাদগী য়েংবা অতোপ্পগী খন্নবা মীওইবনা মীহৌ-লাংদা থুহুনা উমং-রামং পংকোক্তা কোকথোক-পদগী ঈশিং ফংদবা চাক্তাংবগী অরাবা অসি থুংলরিবনি।

মখোয়বু উ শুপয়ান য়ানবা য়াদে হায়বা নত্তে। অদুবু উ অমা য়ানবা তারবদি উ অমি থাগদবনি। মসি মখোয়গী আইন্দস্সু লৈরিবনি। অদুবু মতু অয়াম্বা মীনা ঙাক্না চৎনদে। উমং-রাঙং মরম চাদনা কোকথোকপনা কুম কাংবা অমদি ঈশিং ঈচাও তোইনা থোক্লিবনি। অদুম্না অদুম মতম পাংথনা চৎথরক্লবদি চিঙ্জাক ফংদবদা নত্তনা স্বর্গ হেন্নবা অশেংবা নুংশিং শুপফং ফংদদুনা নোংমদি খাঙেমদগী জীব পাঙবশিং মুংখিবা তাবনি। অদুনা মখোয় মীওইবনা মখোয়গী আইন্দা য়াওরিবা উ থাবগী নিয়ম অদু ঙাক্তবা ইম্বা ময়াক্লবনি।

উচিবা—ঐখোয়দি অশিকগা জীবনি, ঐখোয়না মখোয় মীওইবদা পাউতাক পীক্লবা ওইথোক্তবনিনা ঐখোয়না মতু খল্লক্লবগী কাপ্পবা লৈত্তে।

অমুজাও—ঐখোয় হৌজিক লবা অসিদা অদুম লৈরবদি চন্না হেন্দুনা শিরগনি মরুপ। অদুনা ঐ লৈবাক অসি থাদোক্তুনা চৎলগে হায়না লেপ্লে। মহাকসু ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নগ্রসি।

উচিবা—মতু তোগল্লু মরুপ, লৈবাক অসি চাক তাংলে হায়রবুদি চুম্মী, মতু ওইদ্রনসু মতম অম্মুক কুইনা লৈরক্লবা ইমা শরুবী লমদম অসিবু পাক হেক থাদোক্তুনা চৎপা অকবা ওইগদ্রা? শাস্ত্রনা হায়রি, সংসারসিদা

দানগা চাংদম্মিংঙাই পুণ্য লৈতে, মীহৌবদগী হেনবা য়েন্নবা লৈতে, লমচৎকা মাল্লবা ফিজেৎ লৈতে, অহুগা অপেনবগা মাল্লবা লন লৈতে। পেনবা নাইদবগী রারী অমা লিগে তাও মরুপ। —থাইনা মমাংদৈদা বামোন মচা মরিখক মীরৈবাক্তা লন তানবা চৎলম্মী। লম্বীদা সাধু অমগা থেংনরম্মী। মতমদুদা সাধুনা মাগী খাওদগী জাতিমায় মরিখক লৌথোক্লগা মখোয়দা পীরগা হায়রম্মী, "থাউমৈ মরি অসি পায়দুনা হিমালয় তম্না চুমত্নিংনা চৎলু। জাতিমায় নখুৎতগী নাথোক্তুনা তাখিবা মফম অদুদা লন ফংগনি।" সাধুগী রা মতুং ইন্না মখোয় মরিদু মখুৎতা জাতিমায় অমমম পায়দুনা চৎলম্মী। খরা চৎলগা মরুপ অমগী মখুৎতগী নাম্থোক্তুনা জাতিমায় তাখি।

অমুজাও—মখোয়না মফমদুদা লন ফংখিব্রা?

উচিবা—ফংখি, মখোয়না মফমদু তৌথোকপদা কোরিগী খনি ফংলম্মী। অহানবা মরুপনা হায়রম্মী, "ঐখোয় ইরৈবাক্তা তল্লসি। মসিনা ঐখোয় পুম্নমক্কী ফিভম ফগৎহনবা য়ারগনি।" হায়রিবদু য়াদদুনা মরুপ অহুম অহু জাতিমায় পায়দুনা মাংদা চংশিল্লম্মী। খরা চৎলগা অনিশুবা মরুপকী মখুৎতগী জাতিমায় তাখি।

অমুজাও—মদুদা মখোয়না করি ফংখিবগে?

উচিব:—মফমদু তৌথোকপদা সনাগী খনি কংলম্মী। মদুদা অনিশুবা মরুপ পোল্লম্মী। অদুবু অহুমশুবা অমস্থং মরিশুবা মরুপ মাংদা চংশিল্লম্মী। নুমিৎ কয়ানি পোথাবা লৈতনা চৎলবা তুংদা অহুমশুবা মরুপকী মথুৎতগী জাতিমায় ভাখি! মফমদু তৌথোকপদা সনাগী খনি ফংলম্মী।

অমুজাও—সনাগী খনি থেংনরবনি মরুপ অনি অদু য়াম্না হরাও-রমগনি। মখোয় অনি সনা ময়ামদু পুদুনা মযুমদা হুনখিবা নত্রা?

উচিবা—অহুমশুবা মরুপ্তুমক সনা পুরগা মযুমদা হনখি। অপাম-মীহৌ চাওবা মরিশুবা মরুপা অদুদি সনাদগী হেনবা হীরা-মণি-মুক্তা পামদুনা মাংদা চংশিল্লম্মী।

অমুজাও অহুমশুবা মরুপ্না মাগী মহৌ চাওবা মরিশুবা মরুপ-তুবু মাংদা চংশিন্দনবা খামখিদত্রা?

উচিব—য়াম্না খাল্লম্মী। অহুমশুবা মরুপ্না হায়রম্মী, "হল্লসি মরুপ, অমুক চংশিল্লদুনা কাল্লদে। সনা ময়াম অসি পুদুনা য়ুমদা হনগ্রসি।" অদুবু মদু মরিশুবা মরুপ্না য়ানিংলমদে। মাগী পেনবা হৈতবা মতৌদু উবদা অহুশুবা মরুপ্না হায়রম্মী, "পেনবা নাইদবা হায়বসি অফবা নৎতে। মদুনা অয়াম্বা মতমদা মহৈ ওম্বনা ফংবা য়াই। চৎসি, সনাসি পুদুনা হল্লসি।" অদুবু

মরিগুবা মরুপ্পা মরুপকী রাচ্ছু মনাদা হাপ্তুর চুমিত্রিংনা চাংখত্তা কাথৎলম্মী। মথক য়ৌবদা মহাক্না উরম্মী, মাংদা মুপা অমা লেপত্তুনা লৈরম্মী। মাগী মকোক্তা চাকাওম্বা অমা অরেপ্পা লৈতনা উক্ক-ক উংতুনা লৈরম্মী। মনাক্তা চংশিন্নগা মরিগুবা মরুপ্পা মুপাহৈদা হায়রম্মী, করিনো তৌরিবহুবো মরুপ, নহাক্না অহুন্না দশা তারিবসিবু কমদোহুননো ?"

অমুজাও—(মান্না তান্নিংনা) মহুগী মখাদি ?

উচিবা—মানা রা ওাংবা লোইদ্রিন্তদা চাকা অহু মুপা অহুগী মকোক্তগী লাক্তোক্তুনা পাইরুগা মাগী কোক্তা উংলে। মহাক্না খংদ্রক খংনা লাওরম্মী, "করিনো সিবু! মসি ঐগী কোক্তা উংলরিবা করিগীনো ? ওঃ, ওক্তোক্না মৈশা কনপ্রেদা। লেংবা ফাওবা য়াদ্রে।" মুপা অহুনা হায়রম্মী, "মরুপ, হেন্না পান্মনবা অহু-গুহুনা মাইকৈ সোমদা লাক্লমদ্রবদি খুদোংথীবা নংলম্লোইদবনি। ঐস্তু মীহৌ-লাংদা থুহুনা জাতিন্নায় পায়নুনা মফ-সিদা লাকখিবনি, অহুগা মতম অমুক কুইবসি ওমথীরবা অরা-মৈশা অসি খাংহুনা লৈরম্লিবনি। অন্ত্রোপ্পা পেনবা নাইদবা মীহৌ-চাওবা মী অমা লাক্লিনখে নহাক অন্নুন্না অহুক মকাম অসিদা লেপত্তুনা লৈবা তাবনি।" মরিগুবা মরুপ্পা কপ্তুনা হায়রম্মী, "সিদা কমদৌনা লেগদগে, অহুগা করি চাহুনা হিংগদগে ?" মুপাক্তুনা হায়রম্মী,

"মকুপ, মসি মণিভদ্র যক্ষগী মায়াগী লমনি। মকম অসিদদি অরাম-খোরাংবা লৈতে। লৈরিবদি গুপ্তগী মৈশাগা মীংঙমদবগনি।" মুপাহু মরিগুবা মকুপকী মকমদগী বিদায় লৌরগা ময়ুমদা হনখি। অহুনা মকুপ, ঐদি ইরমদম থাদোক্লুনা চৎপা চুম্লোইরা খল্লি

অমুজাও—লন তানবগীদমক মরুমদম থাদোক্লুনা চৎপদা দোষ লৈতে। ঐখোয় লম অসি থাদোক্লুনা চৎঙবা য়াদ্রবনি। অমুক য়াদবা তৌরম্লু।

উচিবা—কদায়দা চৎকে খল্লিবগে? খঙদ্রি-উদ্রিবা মীরৈবাক্তা চৎলুরগা মমৈথংদা খুদোংথীবদি থোক্লোইদনা?

অমুজাও—খুদোংথীনিংঙাই লৈতে। অহুগা মকুপ, ঐখোয়না লৈরিবা লম অসি ভারতকী মমুং চনবনি, অদুগা ঐখোয়না চৎকদৌরিবা মকম অদুসু ভারতকী মমুং চনবা লৈবাক অমনি। মরম অসিনা মকম অদুসু ঐখোয়গী ইরৈবাক্নি। অদুগীসু মথক্তা খঙন-চায়বগী মনাক্তা চৎকদৌরিবনি।

উচিবা—খঙন-চায়বা কয়াগী?

অমুজাও—সনা লৈবাক্কী পাং অমদা ঐগী মকুপ খেন্জুজাও কৌবা খেন্জু অমা লৈ। মকমহুদা ঐখোয় য়ায়া নুংঙাইনা মৈরুবা য়াগনি

উচিবা—অহুক থাম্না লৈবাক অহু ভাম্না উচি ঐনা খোঙনা চংলবদি কৈদৌগৈ য়ৌগদগে ?

অমুজাও—নহাক অহু-অদা করিমত্তা খল্লুহু। ঐনা নহাকপু ইনঙ্গলদা পোম্নমা পুগনি।

উচিবা—ফরে মরূপ, অহুদি চংলসি।

ফিজং হাইজিনবা

# অনিশুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা

মফম—পাং মপাল। মতম—অমুক।

থেঙ্গ্জাও কৌবা থেঙ্গ্ নুংশা য়াইহনা ফমহনা লৈরম্মী।

থেঙ্গ্জাও—অমুকী মেংলবা নুংশা মঙালনা হকচাংদা য়্যৈবসি য়াম্না নুংঙাইগ্রেদা! পুক্নিং-হকচাং খংতেক তেকখৎ-লকপঙুম তৌই। অমুক নুংঙাইবা অসিননিদম্বা মখোয় নীওইনবা সমুক্ত মপান্দা অমুকী মৈশা কন্দবা নুংশা য়াইনরিবহু। হকচাং কননবগীদমক অসিঙুম্বা মতমদা নুংশা য়াইহনা অশেংবা নুংশিৎনা ইশাদা য়্যৈহল্লবদি অনা-অয়েক কোকই হায়নবহু অচুম্বা ওইরম্বা তাই।

( অমুম্বাওগা উচিবগা চংলকই। মখোয় উবদা থেঙ্গ্জাও পাখৎনা চেনশিনখি। ঈশিংদা চোংখবগী মখোল তারকই।)

অমুজাও - ঈশিংদা চোংথরিবা করিগীনো থেঙ্জাও ? ঐ নহাক্তা মরুপ অমুজাওনিনে। ঐ নহাকপু উনবা লাক্লিবনি।

থেঙ্জাও—( মরুমদগী মঙক লিংথোক্তুনা মুনা য়েংলগা থোরকই ) মরুপ নহাক ওইরে, লাকপা কয়া কুইরবগে ?

অমুজাও—হৌজিক য়োরক্লিবসিনি।

থেঙ্জাও—নুংঙাই-য়াইফবিরিদনা মরুপ।

অমুজাও —কদায়দগী য়াইফবনো মরুপ ! ঐথোয়গী লৈবাক অহু শাথীনা চাক তাংহুনা লম অসিদা লৈগে খন্দুনা লাক্লিবনি।

থেঙ্জাও—নহাক লাকপা য়াম্না ফরে মরুপ, সিদা লৈরবদি ঐথোয় অনি নুংঙ্গিী উনবা ফংলগনি।

অমুজাও—লম অসিদদি চাক তাংদেদনা ?

থেঙ্জাও—তাংদে, চাক তাংলক-খোলক্কনি হায়বগী চিংনরু-নিংঙা করিস্সু লৈতে। মকম অসিদদি নোং মতিক চান্না তাই। অদুনা কনাগীস্সু চিঙাক য়াংনিংঙাই লৈতে।

অমুজাও - লম অসিদদি মথোয় মীওইবনা উ-রা পংয়াম্না য়াম্লংহুনা অরেম্বদা জন্দল কোকথোক্লা ?

থজ্জাও—মখোয়না উ-রা য়ান্দে হায়বদি য়াদে, অদুবু দরকার ওইদনা উ মচা-মগু পংয়ান য়াম্নোক্কুনা মাংহন্দে। মখোয়না উ-রাবু য়াম্না চেকশিন্না তৌই। মখোয়গী দরকারগী মতুং ইন্না য়ানবা তায়বস্তু উ অমা য়াম্নোকপগী মকমদুদা উ অন্নি-অহুম থাবদা নত্তনা ঈশিং চাইবি-খোংপিদুনা হিংহন্নবা হোংবৈ। (উচিবু উবদা) মরুপ অমজাও, মহাক আসি কনানো, নহাক্কা লোয়নরকপ্রা ?

অমুজাও—ঐগা লোয়নরকপনি, ঐগী মরুপ্নি। মমিংনা উচিবা কৌই।

থেঙ্গুজাও—মরুপ উচিবা, নহাকপু ঈকাই-খুম্নবা উচ্চরি। নহাকস্তু ওসিদগী ঐগী চান্নবা মরুপ ওইরবনি।

উচিবা—নহাকপু মরুপ ওইনা ফংজবসিদা ঐ য়াম্না লুংঙাইজরে। ঐখোয় অহুম জাত, ধর্ম্ম, লোন, কুচু খেন্নরবস্তু পুকচেল তৌরে হায়বা উরে। নরম অতুনা ঐখোয় অহুম লম অমত্তদা পুক্নিং লুংঙাইনা লৈমিন্নবা য়াগনি।

থেঙ্গুজাও—লৈমিন্নগদবনি। ঐনা পাংকী ঈশিংদা লৈগনি, অমুজাওনা লৈগদবনা খোংনাং শাম্বী অসিগী মথক্তনি, অদুগা মরুপ উচিবনা লৈগদবদি উ অসিগী মখাদা লৈনুংদনি।

অমুজাও—থত্তসত্রা মরুপ থেঙ্গুজাও ? ঐখোয়গী মরুপ উচিবা অসি অহুম্বা উচি নত্তে। শাস্ত্র, পুরাণ পুস্তক কুপ্না

খুঙলরা অথোইবা উচি অমনি। মতম ফনা কুইরে মহাক্না সংসার-ধর্ম্ম থাদোক্লুনা লম্বোইবা।

খেক্লজাও—( ওক্না ) অমুক নহা ওইনা মহাক্না লম্বোইরিবদি করিগীনো ?

অমুজাও—মশাগী মারৌদি মশামা তম্বা মরিক চুমগনি। তম্বো তারসি মরুপ উচিবা।

উচিবা—মহুগী রারী য়াম্না শাংই। নখোয়না তাবিনিংলবদি তমজগে। মতম খরগী মমাংগী মানি, শিব মন্দির অচৌবা অমা শহরগী চিদায় অমদা লৈ। মন্দির অহুগী সেবা চংলিবা নুপাহু তাম্রচুড় কৌবা সাধুনি। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী ভিক্ষা নিবা চংলুবদা ফংলকপহু লাইর-অনংবশিংদা য়েম্বোক্লম্মী। মন্দির অহুগী লৈনুংদা ঐম্লু ঐগী কাংবুশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। নোংমা ঐগী কাংবুহুনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "লুচিংবা, সাধুনা নুমিৎ খুদিংগী চেং য়াম্না পুরকই ; অহুগা শগাই মথক্তা থামজংতুনা থম্মি! মরম অহুনা অহুক হাওরগদবা চিজ্যাক লৈনা লৈনা চাবা কংল্রি। নহাক্তি ঐখোয়গী লুচিংবনি, নহাক্না চানবিরবদি মসিগী উপায় অমা শিনবিবা ওম্বগনি।" নুমিৎ অহুদা ঐ মখোয়গা লোয়ননা চেং থম্লিবা মফম অহুদা চংলম্মী। অহুগা

ঐনা অহুল্লক চোংখৎতুনা শগাইদা কাখৎলগা মখোয়গী-
দমক ঐনা চেং মথাদা লংথবিরম্মী।

থেঙ্গ্‌জাও—উচি ময়াম অহু নহাক্লা লংথরকপা চেংহু চাবদা
য়াম্না হরাওরমগনি। লুচিংবা অমা ওইরবদি ময়ামগী
থল্লা চৎকদবমক্নি। ময়ামতুগী হরাওজবা মতৌহু উবদা
নহাকন্সু নপুক্লিং নুংঙাইরমগনি।

উচিবা—অচুম্বনি, মখোয়গী হরাওজবা মওংহু উবদা ঐগী থম্মোয়দা
হায়ফম থগদবা নুংঙাইবা অমা পোক্লম্মী। অহুম্না পুক
থল্লা চেং চারগা নোংঙাল্লিবৈদা ঐখোয় লৈথুম্মা চংই।
মতৌ অস্তুম্না থা কয়া নুংঙাইনা লেল্লবা তুংদা মোংমা
তীর্থ কাইবা সাধু অমা মন্দির অহুদা লৈরে। মুমিং
অহুগী অহিংদা মখোয় অনি ধর্ম্মগী ৱারী কয়া শানরবা
মতুংদা তাত্রচুহুনা সাধু অহুদা ঐখোয়না চেং হুরান্নুনা
চাবহু তম্মম্মী। মহাক্কী ৱা তারগা সাধু অহুনা
হায়রম্মী, "অহুক পিকপা উচিনা অহুক ৱাংনা চোংখৎপা
ঙম্বগী মরম লৈ। লন লৈরবদি শক্তি লৈ হায়মরিবনি।
থিহুনা য়েংলবদি উচিহুগী মথুলদা শোয়দনা হি-য়াই
লৈরমগনি অহুনা মানা অহুক হাক্লা শক্তি লৈরিবনি।
নহাক থাউমৈ পায়মু, মথুলহু তৌহুনা য়েংলি।" মৈ
থাংগৎলগা সাধু অনিহুনা ঐখোয়গী মথুল অহু তৌহুনা
হি-য়াই তাল্লম্মী।

থেঙ্গৌজাও—অদুদি মকুপ, মখাম্নদি কদায়দা লোৎতুনা লৈবগে ? নখোয় উচি অমত্তং থেংনখিববা লেম্না থাদোকপিগদবা লৈতে, হাংখিগনি।

উচিবা—অচুম্বনি, মতম অদুদা ঐখোয়গী খুদোংথীবগী ওমথৈ লৈরমদে। ঐখোয় অদুক্কী মতিক লাইবক থিরম্মী মদুদি, লৈখুলদগী চোংথোরকপদা মাংদা হিংচাবগুম্বা হৌদোং অচৌবা অমনা শংদুনা লৈরম্মী।

থেঙ্গৌজাও—হৈস। অদুগি নখোয়গী লাইবক থিরেদা! নখোয় কমদৌনা হিংচাবা অদুগী মখুত্তগী নাম্থোরকখিবগে হায়বা খঙনিংবনা পুক্নিংসে লৈতাকয় খঙস্রে।

উচিবা—ঐখোয় লোইনবদি কদায়দগী হিংচাবদুগী মখয়াংতগী নাম্থোকপা ঙমগনি! উচি খরদি মহাক্কী মখুৎতা তাহৌই, অদুবু ঐখোয় অয়াম্বদি করিগুম্বা মওং অমদা থরায় হিংহৌই। ঐগী ইকোলদা সূর্য্যকান্ত মণি লৈ, মদু মকম অদুদা তাদুনা লৈরকপা মতম কয়া কুইরবগে হায়বা কনানা হায়বা ঙমগনি!

থেঙ্গৌজাও—মণি অদু সাধুশিংনা থেংনখিব্রা ?

উচিবা—মদু সাধুশিংদুনা লৌথোক্লগা মখোয়গী ফম মখাদা থমখি। মদুগী থংনবা অহিংদা ঐহাক উচি ময়ামগা লোয়নদা চেং থল্লিবা মকম অদুদা চংলম্মী। অমম্বা

কা অমদা সাধু অনিহু তুম্লম্মী। কাহু লাম্থোক্লুনা ঐখোয় চংশা তারম্মী। অহুবু ঐখোয় চংলকপগী শামিন কংহুনা তাম্রচুড়না লৈবাক্তা চৈনা পোপ পোপ ফুহুন্না ঐখোয়বু কীহন্দুনা তাম্থোকুবা হোংনরকই। মহু উবদা সাধু অহুনা হায়রম্মী, "মহুম্না তৌরুবগী কান্নবা লৈত্রে। মাগী শক্তি ঐখোয়না মুল্লবনি, মহাক্না অহুক রাংনা চোংথংশা অমুক ওম্নরোই।"

থেঙ্গূজাও—সাধুনা হায়রিবহু নখোয়গী থৌনা হন্নবা পংথায় হায়জিনবা ওইব্রিনিমে?

উচিবা—হায়জিনবা নত্তে, অচুম্বা রানি। মানা হায়বহু তশেংনা চুম্লম্মী। শগাই অহুদা কাশংননবা ঐনা ফনা হোংনহুনপু অরেম্বা ওইখি। ঐগী ফিভম অহু উবদা ঐগী কাংবু-শিংনা হায়রম্মী, "ঐখোয়গী লুচিংবা উচিবনা ঐখোয়বু অমুক য়োকপি-থাকপিবা ওম্বগী শক্তি লৈত্রে। মরম অসিনা ঐখোয় ইশা ইশাগী থরায় হিংজনবা হোংন-খিবনা ফৱে।" মতৌ অম্নুম্না মখোয়না ঐবু থাদোক্লুনা চংখি

থেঙ্গূজাও—মরাই চাইথরক্লবদা হন্না য়েংবদা ফনা উদে, হায়নবহু অচুম্বনি মক্লুপ। অহুগী মথাদি?

উচিবা—মখোয়না মতৌ অহুম্না ঐবু থাদোক্লুনা চংখিবা অহুনা ঐ থরায় নুংঙাইরমদে, য়াম্না পুক্লিং নুংশিরম্মী।

অমুজাও—মত্তাং অসিদা মীনা হায়নবা অমা নিংশিংলকই। মতু হায়গে তাও, লাইরবগুম্বা ঐরাবা অমা লৈতে। মরম লৈত্তবা নুপা, ব্রাহ্মণ য়াওদবা শ্রাদ্ধ, দক্ষিণা য়াওদবা যজ্ঞদি মমল য়াওদবনি। করে, রারী মখা তারো মরুপ উচিবা।

উচিবা—মখংগী অহিংদা ঐনা তুম্মিন্না তাম্রচূড়গী কাহুদা চংলুই। মখি অতু লৌবা গুম্বরা চাংয়েংবা চংলুবনি। মতুদা মহাক্না ঐ চংলকপগী শামিন ফংখিতুনা চৈতু কৈরং লংলকই।

থেঙ্গুজাও—চৈতুনা নঙোন্দা পানখিব্র? কয় থীনা শোকপগে?

উচিবা—লাইবক ফবনা চৈতুনা পানখিদে। মতুনবু পাল্লম্নবদি ঐ হিংবগী আশা লৈতে। অমম্বতুদা ঐহাক করিগুম্বা মওং অমদা থরায় থুবাক্তা হাপতুনা চেঙ্খোরকই। করিগুম্বা থাউমৈ থাল্লম্বা থোক্লবদি ঐ শোয়দনা কোক কায়তুনা শিরমগনি। অতুবু য়েংউ লন লৈরবসু মৈশা লাংবা, অতুগা লন লৈল্লবসু মৈচাক্কী অরোইবা লেত্রিবা। মতুদগী সংসারবু রাগৌতুনা লম্বোইখিবনি।

থেঙ্গুজান -মতুগীদমক নুংনাংলুফম থোক্কে মরুপ। নহাক্না শিজিন্নবা ফংলোইদবা লন অতু থল্লুতুনবু করি কান্নগনি! অতুগী মথক্তা হায়নবা লৈ. লাইবুক্তবু তমগ্রবদি লন

ফংহুনস্থু শিজিন্নবা ফংদে। তাও, লনগী লম্বী অহুম লৈ—দান, শিজিন্নবা অহুগা মাংবা অসিন্নি। দান তৌবা নত্রগা শিজিন্নত্রবা লম অহুদি মাংবনা শুমথৈ ওইরবা শোয়দবন্নি। সংসার অসিদা দান তৌবগী মতৌগুম্বা ধর্ম্ম লৈতে, পেনবা হৈবগুম্বা মুংঙাইবা লৈতে।

উচিবা—মরুপ নহাক্কী রা তাবদা থম্মোয়সে ঈংলে।

( তাঙা অসিমক্কুদা চিরোংবা শজি চেনশিল্লকই। অহুগা মখোয়গী মনাক্তা স্বর থবেং থবেং হোন্দুনা লেপ্লে। )

অমুজাও—ইতাও শজি, কৈদৌরবগে নহাকপু? অহুম্না স্বর থবেং থবেং তোল্লিবা করিগীনো?

চিরোংবা—( স্বর চনিং তানা হোম্বরগা ) করিবু হায়সিগে মরুপ শাদানবা কাংবু অমনা ফাগদবগী হোংনবদগী ঐ নাম্বোক্কুনা করিগুম্বা মওং অমদা চেল্লক্লিবনি। হিংবগী আশা লৈক্ক্রবনি।

( অমুজাওনা খরা চংথোক্কুনা কোইয়েং য়েংই। )

অমুজাও—অচুম্বনি মরুপ, নহাক লাইবক য়াম্না কৈ। শাদানব-শিংনা শজি খরা ফাহুনা উমংদগী পুহুন্না থোকপ্রি।

খেজ্রজাও—চচ্চগ্রসনু, মরুপকী থল্লায় হিংহৌল্লগা লোইরে। ঙসিদগী ঐখোয় মরি মরুপ ওইরবনি। নহাকী মিংদি মরুপ, করি হায়না নহাকপু কৌ হায়বগে?

চিরোংবা—ঐবু চিরোংবা হায়না কৌবিয়ু মরুপ। মখোয়গী ফজবা লোনচৎ-শাজৎ অসিদা ঐনা ঙসি নুংঙাইবা ফংলিবলি করম্বা রাহৈনবু কোংদোকদগে খঙদে।

মৈ মুৎপা

## ২শুবা উৎপা

মফম—জঙ্গলগী লমহাং মচা। মতম—সুমিং মুংবা।

চিরোংবগা থেম্বজাওগা ব্লারী শাদুনা থোরকই।

চিরোংবা—ঐখোয়গী পূনফম অসিদা কনাস্মু য়োরক্লিমালে। ঐখোয় অনিনা হান্না খুংলবা হায়বদু ওইরেদনা। ঐদি মখোয় অনিমক হন্নবরম্নগদ্রা' নিংলম্বনি।

থেম্বজাও—হোয়, ঐস্মু মখোয় লাক্রন্নগদ্রা থল্লম্বনি।

চিরোংবা—মীওইবনা তত্তনা উমং-রামং কয়া কোকখোরকপা অদুগা শাদানবনা আইনগী রাংমদা লোন্না লোন্না শা-উচেক হাংপনা ওসিদি মালেম অসিদা শা-উচেক মথল কয়া মুংথ্রে।

থেম্বজাও—অচুম্বনি, মখোয়না মশা মশাগী ওইজবা থিবদগী শা-উচেক মথল কয়া মাং তাকহল্লক্লি। অস্তুম্না অস্তুম চৎথরবদি মালেম অসিদা ঐখোয় কনাস্মু হিংলরোইদ্রা হায়বগী মীপাইদবা ওমদে।

চিরোংবা—অদুবু মরুপ, মী থরনা ফংজ্রবস্থু মখোয়গী সরকারনদি চাওনা চাওনা শাগ্নোকশঙ-উমং শেম্বতুনা মখল মখলগী শা-উচেকশিং মালেমদগী মুংখিদম্ববা কম্না শেমরি। অনা-অয়েক য়াওরক্লিবস্থু মখোয়না ডাক্তরবু লায়েংহল্লি।

থেজ্জ্জ্জ.ও—অদুম ওইনমক, মরুপ চিরোংবা, শাগ্নোকশঙদা লৈম্লিবা শা-উচেকশিং অদুস্থু জঙ্গলদা লৈবা মখোয়না শাদানবা লাকক্রা হায়রগী নিংজিং-মাংজিংনবগুম কত্তবা মীগী মথুক্তা তাগক্রা হায়বগী পাখংমবা লৈ। মরমদি, য়েংলম্বা লাক্লিবা কাংবুনা মফমত্তুদা লৈম্লিবা শা-উচেক-শিংদা তত্তনা ওৎ-নৈরি।

চিরোংবা—মণিপুরদদা ফংবা শঙাই হায়বা শজি মখল অমা লৈ। হায়রিবা শা অসি মতম অমদদি মফমত্তুদা য়াম্না মরাংকায়না লৈরম্মী হায়নৈ। অদুবু অয়াম্বনা শাদানবশিংগী মথুংতা মথরায় মাংখি। হৌজিক মখোয়গী সরকারনা ডাক-শেন্দুনা কৈবুল-লমজাওদা থম্লি।

থেজ্জ্জা.ও—ডাক-শেন্দুনা থম্নবনিনা শঙাই মালেমদগী মুংগ্গলি হায়না চিংনরম্বা অত্তদি কোক্লপনিদনা।

চিরোংবা—সরকারনা কনা কম্না ডাক শেলহন্দুনস্থু থোইনা কান্নবা ফংদে।

থেজ্জ্জা.ও—করিগীনো?

চিরোংবা— ফত্তবা মীগী অরাংপা লৈত্তে হায়নরিবহুনি। সরকারনা শঙাইবু ফনা ঙাক-শেঙরবস্থু মহু অয়াম্বা মতাংদা ওকিলকী কাইলদা তাহুনা লৈবস্তুম তৌই। ঙাক-শেল্লিবা মখোয়গী মংঙ্গুম্বু ফত্তবা মী য়াওরকপা ওইথোক্কবা নত্তে। অহুনা শেল খরা মীহৌবদগী মখোয়না শঙাইবু ফত্তবা মীগী মথুংতা শিন্নত্রা হায়বগী চিংনবা লৈতবা নত্তে। অহুগা মনাক অহুরাইদা খুন্দারিবা মীশিংনস্থু অয়াম্বনা মখোয়বু মাং-তাকহন্নবা শিল্লি হায়বা য়াই।

থেঙ্গজাও—অহুদি শঙাই হায়বা জাত অসি মালেমদগী কনবদা লুনা থোক্কদৌরিনা!

চিরোংবা—মখোয়গীদমক সুংনাংলুবা নত্তনা ঐখোয়না করিদি তৌক্কবা ঙমগদগেদো!

(উচিবা চংলকই।)

উচিবা—মরুপ অনিনা অহুক চিন্তা থাংনা খন্নরম্লিবহুবু করিনো?

থেঙ্গজাও—মালেম অসিদা শা-উচেক ঐখোয়গী জাত কয়া মরু ফংনা মাংখরকপা অসিগী মতাংদা অস্থুম রারী শানরম্লিবনি।

উচিবা—মহুগী খল্লুরবদি পাখংনিংঙাই মশক ওইরবস্লি। মালেম অসিদা নিংখিজরবা ফজরবা য়েংবদা পেনবা নাইজ্রবা

শা-উচেক কয়া জাত্ত তুম্না মাংথ্রবনি। অতুগা মাংথরক্লবনি।

চিরোংবা—ইতাও অমুজাওত্ত হৌজিক কাওবা লাক্লিবা অসিবু লক্ষ্মীদা খুদোংথীবককা নংলবা জাংলা!

উচিবা—মহাক য়োরক্লিবোইরে। ঐদি নখোয় গুনা লৈরম্নবোই নিংলুই।

থেঙ্গজাও—অতুদি ঐ মাবু থিবা চংলুগে।

চিরোংবা—নহাক্কা থিবা চৎপগী কান্নদে। ঐ হেক্তা থিক্লরগে।

উচিবা—নখোয় পাখৎনখিগনু, ঙাইখো। ঐ মাবু মুম্না খঙই। মহাক য়াম্না হৈ-শিংবা ক্লাক্লি। মাবু য়েক্লবা কনানা তরায় তরায় মাইথীবা পীবা ঙম্লোই। হায়নহৈ মহাক অাদা পাইরক্লে।

( অমুজাও চংলকই )

থেঙ্গজাও—অমুজাও। নহাক মুমিং মুংলবা কাওবা হঙ্গিক্লবা অসিদা ঐখোয় খরায় রানরম্লবনি। লক্ষ্মী-লমখাংদা খুদোংথীবকদি নংলক্লেদনা?

অমুজাও—নংলক্লে। অহবু ঙসিদি ঐগী পুক্লিংসে ইনু নুংঙাইতে। হৌগ্রবা রা কয়া লৌহানবা মিংশি লকই। চহি অমুক য়ামথ্রবগী তুংদা ঐগী অমুরৈমহু খংনিং নিংশিংলক্লুনা পী তাখিবা খঙহৌদে।

খেম্বজাও—হোয়, ইতৈমা অদু মপুক-মপাও য়াম্না কৈ হায়নৈ। মীভোন্দ: পীজ-পীথকপদা লিকশিনবা করিমত্তা লৈক্তমাল্লে। মহাক্না মহাক্কী নচান্নুপান্নু য়োকপদা নত্তনা কোকিলগী মচাস্নু য়োকখি। ভাইখোনে, নখোয় ক্বাক্না কোকিলগী মচা য়োক্লিবসিবু করুম মশক খঙদদুনা তৌরিব্রা?

অমুজাও মত্তে: কোকিলদি মহৌশানা মরুম কোন্দে, মখোয়গী মরুমদি কাক অমোমদনা কোনবিদুনা মচা ওল্লিবনি।

উচিবা—অদুবু, শরেপ ফাবা কোকিল অমত্তা ক্বাক্কী মকোলদা লৈবা উব্রিবসি কারিগীনো?

অমুজাও—ঐখোয়গী মৌশিংনা মরুম কোনবিদুনা মচা ওল্লকুব। তুংদা পাইবা তম্বি। কোকিল মচা অদুনা পাইবা হৈরক্লবা অদুগা চাক্কোবা চংপা ওয়ক্লবা মতম অদুদা মখোয়বু ঐখোয়না মখোয়গী কাংবু মরক্তা থাদোকপিখি।

চিরোংবা—অদুগা ক্বাক্না মীওইবা কনাগী অরাবা দশা অমা তাথগদবা উবদা হায়রনা মাংজোননা চেকশিলহৌনবা ক্বাক-ক্বাক হায়না লাক্না লাক্না খোংই। অদুবু মখোয় মীওইবনদি ক্বাকপু ফত্ত-লৌশিং চাওবা য়াম্না ফত্তবা অমঙ্গলগী মশক ওইবা উচেক অমা ওইনা লৌনরি। মসি করিগীনো?

উচিবা—ক্বাক্না চেকশিন-বা হায়রবস্নু মরোল খঙদবনা লাম্না লৌদুনা মীওইবনা শাওরিবনি। মতাং অসিদা বা অমা

হায়নিংই, লোন তীন্নদবা কাংলুপ অমগা অমগা য়েংথিনগল্লি। মহু কোক্লুনবগী শাস্নেদি অমগী লোন অমনা খণ্ডননবা হোৎনবা অসিনি। লোন খণ্ডনরবদি নুংশিনরমদবহু মতোমদা মাংজখি।

থেঙ্গ্জাও—হায়রিবহু চুম্মী। অদুবু মহু তোক্লসি, অমুজাও, নহাক্না ওসি অমুক থেংলক্লিবসি করিগীনো?

অমুজাও—মুপী অমা শিহুনা পোৎলোইননবা পোৎলোইকমদা প্লুনা চংহোৎবা উরকই। নুপীহু মচা পোকপদা শিবনি হায়।

উচিবা—মচা অদুদি হিংব্রা?

অমুজাও—মচা অদুসু হিংদে।

চিরোংবা—মমা-মচামক শিরিবদি কমদৌহুননো?

অমুজাও—নুপী অদু মহুগী মমাংদা মচা তরুক পোকথ্রমাল্লে। অঙাং নাওরোন য়াম্না খুনা অঙাং মশীং য়াম্না পোকপমা ময়ম ওইহুনা মতম চাদনা শিরিবনি।

থেঙ্গ্জাও—নুপী অমনা অঙাং য়াম্না পোকপসি ফত্রবা?

অমুজাও—ফত্তে, অঙাং য়াম্না পোকপা অদুগা নাওরোন থুবা হায়বসিনা মমা অমদি মচাশিংবু মশা ফংহন্দে।

চিরোংবা—অঙাং পোকপা হায়বসিদি ঈশ্বরগী থৌজালনি।

অমুজাও—ঈশ্বরগী থৌজালগী বাদি ঐ খঙদে। অদুবু চাওখৎলবা মুগ অসিদদি অঙাং মশীং য়ামদনবা অমদি নাওরোল

লাওনবা পাম্বে কয়া লৈরে। অহুনা হৌজিক ভারত অসিদা মীওইবগী মতৌ-মনাও অমগী মচা অমা নত্রগা অনিদগী হেন্দনবা খোৌরাং পাখংল্লবনি। অঙাং য়াম্নগা লা য়া তাল্লি, অঙাং য়ামত্রগা মুংঙাই-য়াইফৈ। মতুমা অঙাং অমদি মমাহু মশা-মউ কনা লৈ!

থেঙ্গজাও—অঙাং য়াম্না পোক্লবদি গুবি-নোম্বিনবা মশীং য়াম্নকুমা মুংঙাই-য়াইফবা ওইকম থোক্লা ?

অমুজাও—মচাশিংহুনা লায়না চেল্লগা, তুশোন-নাওশোম্নগা কদায়দগী গুব-নোম্বা ঙমগনি! হৌজিক নোংমা নোংমগী ঈশিং ঈচাওগুম হেনগৎক্লিবা মীশিং অসি থিংহৌদহুনা অস্তুম চৎথহুনা লৈরবদি শতাব্দি অমগী মতুংদদি মালেম অসিদা মীগী খোঙনেংকম ফাওবা লৈররোই। অহুনা অঙাং মশীং য়ামদনবা হোনংবা হায়বসি মখোয় মীওইবগী হৌজিক হৌজিক তৌদবা য়াল্লবা মথৌদাংনি।

## তন্তবা ভাগ

মক্কম - উমং।                    মতম—নুমিৎ খুংবা মতুং।

চিরোংবা শজি লাংদা খুদুনা লৈ। মহুদগী মান্থোক্লুবা কন্না হোংলৈ। অদুবু কান্নবদি ফংদে।

চিরোংবা—নুংশি হৈত্রবা শাদানবগী লাংদগী নান্থোরকবা তোংনবদা ইশা অসে থবং থবং তংলে, ঈহিং-নাহিং শারে। মসিদগী ঐ নান্থোকপা ঙমগনি হায়বগী আশা উদ্রে। হৌজিক ঙাইতাক্কী মনুংদা শাদানবদু লাক্তুনা ঐবু ফাদুনা পুররগা। অদুগা মানা ঐবু শায়োকশংদা য়োন্থোক্তুনা মীওইবনা কুম্মে য়েংনরবা য়াই। অদু নত্রগনা ঐবু মানা মতুপ মতুপ কক্তুনা য়োনবা য়াই। ঐবু মীহাং অদুক থীনা চংতুনা শিবা তাব্না। (নুংশা মপী হোল্লি, ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈ) ও মীওইবা, নখোয় অসে ওন্থোক্লা তথীদকো! নশা নশাদগী য়েংউ, অতোপ্পগী শিব-চংবগী রাখন লৈতে। নখোয়না ঐখোয় শা-উচেকপু কয়া থীনা থীনা ওৎ-নৈরি। অদুগা ঐখোয়গী লৈফম ওইরিবা জঙ্গল কয়া কয়া মরম চাদনা

নখোয়না মাংহল্লি। মহুদা নখোয়দা কয়া য়ান্নবু ওইজবা ফংলিবা! উ-ৱা, শা-উচেক মালেমদগী মুৎথংগ্রগা নখোয়বু অহুম হিংহুনা লৈথিবা য়াগদ্রা? শা-উচেক, উ-ৱা লৈত্রবদি মালেম অসি লৈকংলা ওইগ্রগনি। মতম অহুদা নখোয়না ঐখোয় হিংহুনা লৈবগী ক্ষান্নবহু খণ্ডজবা ছন্নক্কনি। অহুগা মহুদা নখোয়না ফনা তেংথাহুনম্ম পূম্নমক অরেম্বা ওইগনি। (ঙাইহাক তুম্মিন চিঙ্গা তৌহুনা লৈ) শিরমদায়গী মতম অসিদা ঐগী নুংশিরবা মরুপ অহুম অহু অমুক্তং উনবা ফংলবদি নুংঙাইগ্রগনিদা! ঐখোয় মহৈ মহৈ চিঙ্গাক থিবা কোইনা চৎনরুরগা নুমিৎ য়ুংবদা ঐখোয় মরি হেক হেক পুল্লি। অহুগা ঙাইহাক পোথাম্নগা চিঙ্গাক থিবা অমুক চৎলুরগা নুমিৎ তান্দ্রিবৈদা ঐখোয় মরি পুন্দুনা ৱারী-ৱাতাই কয়া তৌই। অম্মুম্না ঐখোয় মরি কয়াদা চান্ননা তীন্নগ্রবা! অহুবু হৌজিক নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফনা থেংলবা অসি ফাওবা ঐদি মখোয়গী মনাক্তা চৎনবা উপায় লৈত্রে। ঐগী লাইবক্কসি ওন্থোক্লা থিনা তমগ্রেদকো হে ঈশ্বর! (কপ্লি)

(অমুজাও ঙাং ঙাংহুনা চংলকই।)

অমুজাও—ঐখোয়গী নুংশিরবা মরুপ চিরোংবা শজি অহুং কদায়দা লৈরমগবা! মহাক নোংমত্তম্ম মতম কায়ন

হজিল্লক্কবনি। মহাকপু খুদোংঙীবা খোক্কুনা লাক্লিব্রা ? কদায়দনো ঐনা মাবু থিরুগদবসি ! ( শজি অমা লাংদা থুহুনা লৈরম্বা উবদা ) এঃ! আদা লৈরিবা শজি অসিবু ঐখোয়গী চিরোংবা অচু নৎত্রবনে ? ( মুম্না য়েংলগা ) মানি, শোয়দ্রে, চিরোংবনি। ( মনাক্তা পাথৎনা চেনশিল্লগা ) মরূপ, নঙবু লাংদা থুরবা !

চিরোংবা—হোয় মরূপ, চিঙ্গাক থিবা লাকপদা লাংদা থুক্করে।

অমুজাও—কয়া কুইরবগে ?

চিরোংবা—ঙসায় অয়ুক্কগীনি মরূপ।

অমুজাও—( চিরোংবগী হকচাংদা থবৎ থবৎ তৎপা উবদা মুংশাগীনা ) নশা পূম্বা ঈহিং-নাহিং শারিবচু কৈদৌহুননো ?

চিরোংবা—ঙসায়দগী লাংদগী নাম্থোক্লবা হোংলবদা ঈহিং-নাহিং শারিবনি।

অমুজাও—মরূপ, খরা চেকশিন্না মিৎকুপ-নাহুম শিংনা জ্ঞান তৌনা চংগা য়াগ্রা ?

চিরোংবা—ঐগী লাইবকনি !

অমুজাও—করে, হৌগ্রবদি হৌরে। মহুগীদমক মুংনাংলুহুনা কাম্নদে।

চিরোংবা—মরূপ, মহাক মফম অসিদা কৈদৌবা লাক্লিবনো ?

অমুজাও—নুমিৎ মুংবা মতুং ফনা থেংজিল্লক্লবা ফাওবা নহাক হল্লক্লবা অদুদা থেঙ্গ্জাওগা উচিবগা ঐখোয় খন্নবমখৈ খন্নরগা ঐ নহাকপু থিবা লাক্লিবনি।

চিরোংবা—নহাক লাকপলি য়াম্না নুংঙাইরে মরুপ। লাংদা অসুক মওং চাদনা থুরিবা অসিদগী ঐ নাম্থোকপা ওইথোক্লে। শাদানবনা ঐবু হৌজিকমক হাংলরগনি। শিরমদাম্নগী মতম অসিদা মরুপ নহাকপু উবা ফংবসিদা ঐগী থম্মোয়গী অরাবা 'পূম্না কোক্লে।

অমুজাও—অদুগুম্না রাহু অমুক হম্না হায়গমু মরুপ। রাকু-নিংঙাই লৈতে, ঐ হৌজিকমক চৎলগা উচিববু লৌরুগনি। অদুগা মাবু লাং অসি চিকথংহন্দুনা নহাকপু থাদোকহনগনি।

চিরোংবা—নৎতে মরুপ, অরেম্বদা ঐবু থাদোক্লবা রানা হোৎন-বিরুহনা করিবু কান্নগদগে? মহুনা মমৈদা নখোয়মু খুদোংথীবা ফংলবা য়াই। অদুগী শরুকপুদি নহাক হনখ্রো, অদুগা উচিবা অমদি থেঙ্গ্জাওদা ঐনা নুংশিজবা উৎলকই হায়না তম্বিয়ু।

অমুজাও—অদুক থম্মোয় পিকথবা তৌনদে মরুপ। ঙাইহাক্লংদদি অরাবা থাংবিরমখো, ঐ থুনা হল্লকনি।

(রা ঙাংবা লোইক্লিবৈদা উচিবা চৎলকই।)

উটিবা—( চিরোংবগী মমাক্তা চংশিল্লগা ) মরুপ নহাকপু থিবা চৎথিবা অমুজাও কলেকমদ্রচুনা ঐ নখোয়বু থিবা লাক্লিবনি। ঐ য়োরক্লবনিনা রাকুরগনু, ঐনা নহাকপু হৌজিকমক থাদোক্লগনি।

( মানা চিরোংববু লাংদগী থাদোকই। উচিবগা চিরোংবগা কোন্নে, অদুগা অমুজাওগা চিরোংবগা অমুক কোন্নে। মখোয় য়াম্না হরাওনৈ। )

অমুজাও হৌজিক্তি মরুপ চিরোংবম্বু লাংদগী নাম্থোক্লবনিনা ঐখোয় মফম অসি থাদোক্লুনা চৎপ্রনি।

( মখোয়না খোঙথাং অম-অনি থাংদোকপমক্তদা থেঙ্গজাও চংলকই। )

থেঙ্গজাও—মখোয় চল্লকমন্দ সিদা ঐম্বু লৈব. ঙাক্লুবা লাকবনি। নুংঙাইরে, মরুপ্না লাংদগী নাম্থোকপা অসিনক ঐখোয়গী লাইনক ফবনি।

চিরোংবা—লাংদা চুরিঙুদা ঐনা নখোয়দবু থল্লমী। অংবু নহারা অম্মনা লাকপসি চুমদে। করিগুম্বা হৌজিক শাদানবা থুংলবা থোক্লবদি কম্দোগদগে? হৌজিক্তি ঐখোয়গুম্না কন্না চেনবম্বু ঙম্লোই।

উচিবা—( তুং-মাং হন্না হন্না য়েংলগা ) নথরায় হিংননবা চেম্প্রো, শাদানবা লাক্লে।

(খুদক্তা শাদানবা চংলকই। ময়াম কায়হুনা চেম্নৈ। থেঙ্গুজাও নোমহৌ নোমহৌ চৎতুনা লৈ। শাদানবনা চংশিল্লক্নুনা মাবু ফারে। থৌরিনা পুনশিল্লি।)

শাদানবা—চেঞ্জপ্রসনু, শজিগী মহুৎতা থেঙ্গু অমদি ফংলেদনা। মসি য়োন্দুনা নোংম-নিলিদি লেনবা য়ারগনি।

(শাদানবনা থেঙ্গুজাওবু চিংহুনা পুখোকখি। ভাইহাক লৈরগা অমুজাও চংলকই, মথংদা চিরোংবা, অদুগা মথংদা উচিবা চংলকই। মখোয় ভাইহাক স্বর চনিং তানা হোন্দুনা পোথাহুনা লৈ।)

উচিবা—তৌজিক্ক ঐখোয় কমদৌবা তাবগে, নখোয় খল্লু।

চিরোংবা—ঐবু থাদোকপিলবা নখোয়মা। হোৎনরমম্রবদি মসি থোক্লমোহ্রদবনি।

অমুজাও—নত্তে মরুপ, মতুম্না হায়বা হৌনদে। তৌজিক কমদৌরগা মরুপকী মথরায় কনবা য়াগদগে হায়বতুম খল্লসি। (ভাইহাক হঙ্গং-হন্দা চৎতুনা খল্লগা) লৈরে, ঐ নখোয়দা পীশিং অমা তাক্কে। মতুম্না তৌসি। মতু ওইরবদি ঐখোয়গী মরুপ থেঙ্গুজাওবু কনবা ঙমগনি।

(মাঙ্গা চিরোংবগী নাকোংদা লোম্না করি করিনো হায়। অদুগা উচিবগী নাকোংদা অমুক হায়। মখোয় অনি হরাওবগী ইঙ্গিত উই।)

উচিবা—ফয়ে মরুপ অমুজাও, মতুম্না তৌরবদি ঐখোয়গী ইতাও থেজজাওগী মথরায় কনবা চমগনি।

(অমুজাওনা চংথোক্লুনা ডাইনাক কোইয়েং য়েংহুনা লৈরুরগা হঞ্জিল্লকই।)

অমুজাও- শাদানবা থোইনা লাপ্না চংখিদ্রি, অাদগী পাং অসিগী মপান্দা চংসি। ঐখোয় পুনা চংলসি লাকও।

[মখোয় মরি মরি থোকখি।

মৈ মুংপা

৪শুবা উৎপা

মফম—পাৎ মপান। মতম—নুমিদাংবাই।

চিরোংবা অশিবগুম পাৎ মরাদা তুহুনা লৈ। অহুগা অমুজাওগী মচিন্না মাগী মমিৎতা তপ্না তপ্না থেংই। য়েংবদা মমিং কোৎকদবগী হোৎনবা মাল্লি। নাকল অমদগী শাদানবনা থেঙ্গুজাওবু চিংহুমা পুশিল্লকই।

শাদানবা—(চংলকপগা শজি উবদা পায়রিবা থৌরিহু থাদোক্লগা) অঙকপনি, শজিহু চেনবা ওমদ্রমাল্লে। সিদা লাক্লগা শিহুনা লৈরবোইয়ে। শজি অসিগী মচি অনিসি ওন্থোক্লা ফজখ্রে, মঙক ককথংলগা মকোক অসি লৈতেং ওইননবা য়োমবদা শেল য়াম্না শিংলগনি। অহুগা মশা অসি মতুপ মতুপ ককথংলগা য়োনবনসু মমল মতিক চানা ফংগনি।

মহাক্না রা ভাংলিদৈদা ভূচিবনা নারোম্দা তুম্মিন্না চংলক্লগা থেঙ্গুজাওদা পুল্লিবা থৌরিহু থোকই।

মরানি মনা-মনিল নাইদনা থোকখি। শাদানবা অহনা চংশিল্লকাদা অমুজাও পাইবগী মতৌগুম মশা থপতুনা চেল্লোকখি, মহুগা লোয়ননা চিরোংবা ফক চৌগৎতুনা চেল্লোকখি।)

শাদানবা—আই আই! অশিবা শজি চেনখ্রে! অশিবা শজি চেনখ্রে! (খুংবংননা মিংকুপ খরা লৈ) অহুদি—অশিবা শাশন্নরম্লিবা! করিস্তু লৈতবা জীব মচা ফাওবনা ঐহোন্দা করেম্মরবা! মাগুম্বা করিস্তু লৈতবা শজি মচা অমনা ফাওবা ঐবু উশিংল্লবা! অচচ-চা লাকচৈদা! করে লাইবক্তা তল্লম্বনা ওইরম্বা য়াই। উসিদি থেঙ্গু পুতুনা য়ুমদা হুনাখ্রগে। (খুল্লকপদা থেঙ্গু উদবদা), মফম অসিদা নংত্রনে ঐনা থেঙ্গুদু থনম্বা? মানি, মফম অসিমক্তদনি। খোরি সিদা তাক্লুনা লৈরে। অহুদি মাস্তু নাম্বে'ক্লুনা চংখ্রবা! তাকেনবা পাম্বনি উসি ঐগী নোংমগী মনম শিৎলবা! উতোং নুংশিংমমাং হোত্রোং হো হায়বহু ওইরবা!

[য়াম্না নিংবা কায়না পানখি।

(উচিবা চংলক্লগা কীনা কোইয়ে য়েংই।)

উচিবা—লাকও ইতাও থেঙ্গুজাও, শাদানবহু আঃ খোঙ্গে।

(থেঙ্গুজাও য়াম্না কীবগী মওংদা থোরকই।)

থেঙ্গ্‌জাও—মরুপ মখোয় লৈরমদ্রবদি ঙসি ঐ শোয়দনা শিরমগদবনি।

উচিবা—মরুপ হায়বা অসিদি মরুপকী খুদোংথীবা মতমদা থরায় পাম্মুদনা তেংবাংগদবনি। অদুনা মহুগীদমক খল্লুবনু মরুপ।

থেঙ্গ্‌জাও—মরুপ অনি অদু কদায় য়োনা চেনখিবননো তৌজিক ফাওবা হল্লক্লবসিবো?

উচিবা—( খুনিং কাংথৎতুনা য়েংলগা হয়াওনা ) মখোয়স্থ য়োরক্লে মরুপ।

( অমুজাওগা চিরোংবগা চংলকই। )

চিরোংবা—মরুপ অনিস্থ লৈবিরম্লেদনা।

থেঙ্গ্‌জাও—শাদানবদু অমুক হল্লক্লরোইকো?

অমুজাও—হল্লক্লরোই য়াম্না থাপ্না চৎলে।

উচিবা—অপঙবা শাদানবদুবু মতিক চাবা পাম্না অমদি তম্বিক্লে, করি হায়বগে?

চিরোংবা—মদুদবু অমুক হায়নিংঙাই করি লৈরি।

থেঙ্গ্‌জাও—মানা ঐবু পুন্দুনা পুবদুদা খোঙসে ইছু হুবাৎক্লে।

চিরোংবা—ঙসি ঐখোয় খুদোংথীবদগী হন্না হন্না নাম্বোকপা ঙম্বিবসি ইতাও অমুজাওগী হৈ-শিংবা মরোশিংদগীনি। অদুনা মরুপ নহাকপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

খেঙ্গজাও—ঐস্থু মরুপকী মফমদা তৌবিমল খঙবা হন্না হন্না উচ্চরি।

অমুজাও—নত্তে নত্তে মরুপ! নখোয়গী রাখল অহু শোয়রে। ঐঙোন্দা থাগৎকদবা নৎতে। ঐদি ঐগী ইথৌদাং তৌবদনি, মতুদগী হেনবা করিস্থু নৎতে। অহুবু মরুপ, জাত খেন্নবগী খুরবা মিংয়েং, লোন তৌন্নদবগী নুংশিনদবা, ধর্ম্ম খেন্নবগী য়েংথিনবা করিগুম্বা ঐখোয়গী ইন্নক্তা লৈরম্বা খোঙ্গবদি খুদোংথীবা অদুদগী ঙসি ঐখোয় নাম্থোকপা ঙম্নয়োইদবনি। অশঙবা মীওইশিংনা মশা মশাদগী ওইজবা থিবদা লম্বী লমুক্তরি। মখোয় মশেল অমগা অমগা থম্মোয় শেংনা লৈবা ঙমদে; কুচু ঙোবা কুচু মুবা জাত অনিগী লাম্থেং ঙসি ফাওবা মপুং ফানা তাইশিন্নবা ঙমদ্রি। ঐখোয়গী লৈবাক ভারত অসি ধর্ম্ম, জাত, লোন অমদি কুচু খেন্নবগী উংখৎনবদা ভারতবাসী মশেল ইম্থু-নাইমু তানবা লেপত্রি। মসি লেপন্নিবমখৈ লৈবাক অসিগী চাওখৎ-খোঙথাংদা শাথীনা খুরৌ চেন্দুনা লৈরগনি। অহুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী লিংজেন মান্নবা পুকচেল তৌন্নবা অসি লেংদনা থম্বা ঙম্নবদি ঐখোয়গী খুদোংথীগদবা করিস্থু লৈরোই। (ভাইহাক তুস্যিন্না লৈরগা) মরুপ নখোয়না ঐবু থাগৎপগী রা পনবিখিদায়? মহু ঐ ইতোমাবু

থাগৎকদবা মৎস্তে। জাত, ধর্ম্ম, লোন, কুচু, পোকুকম থেৎন্নরবস্থু লৈবাক অমত্তগী মচানি হায়না লৌরিব। পুক্লিংগী অচেৎপা ফিরেপ, নুংশিনবা, লিংজেন মান্নবা পুকচেল অমত্তা ওইবা অসিবু থাগৎকদবনি।

ফজ্জৎ হাইজনবা


MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY IMPHAL 8535

# নীলাচলদা মহাপ্রভু



রঘুমণি শর্ম্মা